থবকথিবদ ঙাওচৎনরব, পূন্সিগী অর্থ থোক্ত্রব
নহারোল অমদি মান্নন নুঙাইমিন্নব
মীরোল অম পুরক্লবগীদমক কথোক্লিবসিংদ !

অকৌঙ্‌ব :

ওইনাম কাহ্নাইলাল মীতৈ
রিবেল পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল – ৭৯৫০০১

ছাপ তৌব্‌ :

চোংথাম মেঘচন্দ্র সিংহ
ওইনাম লৈকাই।

কোবর :

মাইবম ভাস্কোর সিংহ
সোইবম লৈকাই।

অহানব কৌঙ্‌ব : জুলাই ১৯৭৭ ইং
কপী মসীং ১০০০

মমল : লুপা ২'৭৫ (C) অইব

ফংফম :
সেন্ট্রেল বুক এজেন্সি
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

নম্ফম : শিব প্রিন্টিং ৱার্কস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

## মাঙওইনন ৱাহৈ খরদং

'ৱবক থিব' লিলা মচা অমনি-ইচম চম্ব। এইহাক্ প্লেরাইৎ অমম নত্তে চুম্নগী ইব পামজব অম ওইরুবওনি। মসীখক্তং হাঙ্গৈব তাই। ৱাখন্দি — এক্টর অমস্তুং অডিয়ান্স অনীগী মরক্ত তোখাই তানবগী মহুক্ত পূনসীন্নদুন হেন্ন নক্নব মরী পুংকপ পামজব — মসীনি। মসীমস্থ খল্লী থিএটরন সমাজদগী লাপথোকখিফম থোক্তে। ১৯৭৩ দগী ১৯৭৫ ফাওবগী মন্নুংদ "ইপটা" ( IPTA ), মনিপুর, "কংলৈ সক্তম লাংব কাঙ্লুপ" ইরোম লৈকাঙ্গনচিংব থিএটর গ্রুপসিংন সো কয়ারক সান্নখি। মথংদ সেলগী ফিবমদি ফক্তব লাইরিক ওইনদি পুথোক্লিংলুবদগী ১৯৭৬ কী লাইরিক ফোঙবগী সেলগী তেংবাংগীদমক্ মনিপুর স্টেট কলা একাদেমীদ থাগৎলুবনি অদুবু খন্দোরকপগী মন্নুং চনখি, মসী য়েংলুরগদি ফোঙ্দোক্পদ মতীক চাদব খুংই ওইফম থোক্ই।

অদুমক্পু মরুপমপাঙ্ অমদি নহারোল কয়ান থৌনা পূন্নমক্কী মতেং পীবিদুন ঙসিদি সাপা তৌরব লাইরিক অম ওইন পুথোকচরে, ফংকম থোকপ পূন্নমক্তুদি পাবিরিবসিংদগী ঙাইজবতাই। ফোঙ্দোকপ ঙমহনবীবগীদমক্তি তেংবাংপীবিখিব-খ্বাই পূন্নমক্কী মফমদ তৌবিমল খঙ্ব উৎচব অসীন এগীনি।

অইব

অচঙ্‌র মীসকসিং ঃ

১। থবক থিব।

২। থবক থিবী।

৩। মহাজন্‌।

৪। থবক লল্লোনব।

নিলাম ওকপ ১সুং অতৈ কয়া।

মফম ঃ অপান্ব মঙংগী অম॥

# ১

**মীমাঙবগী চাকথুং ফংদ্রিব পৃথিবী**
**লৈমাই অমগী পানদম লাক্লিব মফম অম !!**

থবক থিবদ চোকথরব পাখং লৈসাবী অনি ফম্বাক্পী মথক য়েং অমসুং মখা ওইদ চেল্লকপগী ফিভমদ (লেপ্পুন) অৱাবগী সোর হোন্দোক্লে। মৈঙাল ফংলকুপ ঙহাক্পী মসুংদ "থবক্-থবক্" হাইন কোইন চেন্দূন কোনা মরিমক্ত লেপ্পুন।

— থবক লৈব্রাও ?

— থবক লৈব্রাও ?

লাওরম্লগ থবক্পী পাওখুম ফংদ্রবদ অরোইবী খোনজেল্ল কোনা কোনাদ লেপ্পুন পুম্ন লাওই।

— থবক লৈব্রাও ??

পূক্লিং চংন পাওখুম ঙাই, ফংলক্রবদ মসা পুম্নমক নীংব কাইবগী সাফুন য়ৈহংপগী মওংনি, মথন মথম্নত শোল্লি—

— লৈতে !

— লৈতে !

লৈসাবী (মুপী) তৱংদ য়েংদুন লৈখি। পাখং মাইকৈ খুদিং হকচিন হকচিন্ন য়েংলগ নিঙমদন —

পাখং। মাকৈ খুদিং থবক্পী থথক ঙাক্তনি, অদুবু সেমখীনব

**য়াওদবন অসুক য়াম্ন থবকঁ অসি অরৈম্বদ ঙাক্লুন মাঙলি ;**

মহৈ-মরোং থাকম কয়ান লৈকংলা ওইরি, মরেক-মহাও থোক্ক সেম য়াব হৈকোল-লৈকোল খিবিক'মন সীগংনরি। (হেন্নু থবাই সোক্ক) অদুগ অমরোমদ চাদ-থক্কবন সরুমক্ত ঙাইরব ঙাইবংপান অমন মবুক পাইদুনা অহিংববু য়াননরি।

(সোয় সাংলব অম হোন্দোক্লব তুংদ)

থবক ফংদ্রব ঐখোই কোতি-কোতিন লস্বী লমজাওদ ঙাওচৎনরি—মওং কাইরব সক্তম অম ওইন মী মানসিন্নক্লবমখৈ থবক থিরি। অদুবু থবক কয়ান পৎ-পুমদুনা খোংবান-লুক্লাং পাখি-কোমথি, আঙিয়া সীম্খুংন মরোল মরোল লৈরি।

(মুন্ন খম্বুরগ)

মসিবু কনানো! মসিবু করম্ব লাই ফত্তব অমগী থৌইন-সিন্নো ..................! (খম্বুরুরগ সাওন) নত্তে হিংমিন্নগদব পুন্নমক তোথাই তোথাই সিমিন্নহল্লিবসিবু কনাননো! মসিবু কনাগী মরান্নো! কনাগী থৌইনসিন্নো! মসিমক্কবু কনাননো!

(খন্নী)

অং করিগুম্ব মরাল অম নত্ত্রগ থৌইনসিন অমদি লৈরম্ব য়াই। অদুগ মরাল অসি কনাগী!? থৌইনসিন অসিন অমুক কনাগী!? (হেন্নু ঙকখি, অমুক্ত হেন্নু ঙকখি)

(অঙ্গনোব লানগী লোব অমগ ৱোইরম)

মুখী — ইমা কপ্পা চাওপ্রব লোকাদুনা, মলিগ কারখানা। অমত্তং শিং থক্রপিরমবগি মক্ত সান ৱোকেৎ তোংদুনা ঐহাকসু

ইমাম্বী মুপীগুম আতিয়াদ পাইরমগদবনি। অদুবু হৃজিকক্ষাওব কায়থানা অমত্তং ফাওব লিংজ্রিবসি করি-পীনো! ঐখোইবু মীমান্নহনজ্রিব; লৈথা ভাইল্লিব অসিবু কনানবো! মসিবু কনাগী মরাম্নো, কনাগী থৌইনসিন্নো! (কপ্পবি) অং কনাগুম্ব অমগী থৌনমিন নজ্রগ পাওদবগী লীচম অম পোইদবা লৈরম্ব হাই।

(থম্ন-থম্ন য়েংলকপদ পাথংহ্ন উরকই)

ওঃ! (থৌনা পোকই) জীব মানব অমদি লৈরে, কনা ওইরিগব! থবক পীব ভম্ব ঈশ্বরমক ওইরম্লবদি মুংঙাইগ্রনিদ! (য়েংলগ চিংনৈ) ফিজোন মতাসিবু! করে (ফিভম সেমলগ কৌই) হো কনানো — থবক লৈতব মালং অসিদ নদোম ফম্লিব তম্ব নংবু?

পাথং। (থওইদন) হো হংলিবী নংবু কনানো —থবকী লাই-রেম্বীরাও?

মুপী — নত্তেয়ে, হংলিবী ঐদি থবক ফংদবৈ লাইনান পথ-পুমথরবী ইসা থপ্প ভমজ্রবী লংজানে।

পাথং — অদুবু লংজা, হিংবগী ঈ চেন্দ্রব ঐঙোন্দদি সদোং'মত্তম্থ ফংলোই কমদৌনি!

মুপী — হো থুম্লিব নংবু নিপা নজ্রবরাও?

পাথং — পুন্সিনে মতোং য়াওদ্রে, অর্দ্ধ লৈত্রে। থবকু ফংদবৈ মৈস্নান কাথেক্লক, কুংগুম কনগ্রব মরুদ্র-সয়াং, হকচাং মপুম অসিমকু সাইরবস্থ লংজা বহাকী নবুক্তি থজোই —!

সুপী — [মবন্নত] হাইমা থবক ফংদ্রিব নিপা ওইরে তল্লেদকো। [অমুক] য়ুম পান্দ্রিব পাখংদি নত্রাও ?

পাখং — মহুদি মানি, ফন কুইরে য়াক্লক্লিব। অদুবু, থবকু ফংদবৈ সুপী লৈত্তে থবক্তমকু ভাম্নরিবা যুগ্ অসিদ।

সুপী — ঐসু পাঙ্গত্রিয়ে, থবক অমসুং নিপা অনিমক্ তুন থিজ-ন্নিবনে! [কেথন চংসিন্দুন] নত্তে য়ুমদুম পানমিন্নর-সিদো।

পাখং — [হংগোইরপ] মদু হায়নু সানৌ, ঐবু অমুক ন্নাহনগনু।

সুপী — করিনো পুম্সিগী মহাও খঙ্বীনীংদ্রবরাও!

পাখং — ও! অদোমবু চাদ-সেত্তন য়ুম পানব হৈবীগদ্রাও ?

সুপী — মদুদি ঐসু খঙ্দে, চুম্নত পুম্সিগী অর্থ খঙ্নিংবগী ন্নাতনি।

পাখং — মতুতংগী ওইরবদি তোকসি, য়েংঙু মীওইবন হিংবগী মহাও খঙ্লুবদগী নমথীরব, খারব, তুক্তচরব পুম্সি মসেল মচেৎ মচেৎ সেগাঈদুন চানরি, হিংবগী খাংদ ঙৌরি। হেম্ন মহাও খঙনীংলুগনু পুম্সি অদো বাবগী চাং হেনগনি।

সুপী — নত্তে হাঈরিবসিবু য়ুমসি সুকপানমক পান্নরোই অসিরা ?

পাখং — খন্দি খল্লিবনি থবক অমতং ফংলবদি লুহোংসিরা হাঈন ? অদুবু খঙ্দ্রে মতম অসি ঐহাক্নুপগীদি নত্রে।

সুপী — থবক্তীদি খঙদে, সুপীগীদি ঐ লৈরে।

পাখং — লুপ্নিবদি ; মদুদি, সেংপ চাব হৈতবী সুপীদি নত্তেদন নহাক্ ; কান্নদে থবক ফংদ্রিবী নংদি থবক লেল্লব নিপা থিদুন য়ুম পান্নব হোৎনৌ।

সুপী — নহাক নিপানি সুপী অমত্তংগী মবুক্তি থলহনব ঙমফম থোকইন। নত্তে, হুজিক্কী নিপাসিংসিবু সুপীবু য়াম্না লুন ভৌনবদাইনে (মসা উত্তুন) য়েংঙু ঐস্থু অদুক হাক্ল পংফ ফজ্জদবী সুপীদি নত্তে হাঙ্গব।

পাখং — অদুবু য়েংঙোনেসে; (মবুক পাঙ্গদুন ভাক্লগ) শিকপ্রব পূক অসিমত্তংগী সুপ্নগী মচী অমত্তং ফাওব মীওইবগী চীনজ্ঞাক্ল কংখৎহনব ঙমদ্রি।

সুপী — অওইত্রাও! (নীংব কাঙ্গন চংসীল্লি)

পাখং — য়েংঙু (মখুৎ পাঙ্গদুন মাহল্লি)

সুপী — (য়েংলগ) ইসঃ! য়াংলেনগী পূক্ল তপ নপশীম্প্রে, হুজিকপু হিংব ঙম্লিত্রাও?

পাখং — হিংদব য়াদবদুদনি হিংলিব, সিব য়াব পূম্নমক সিপ্রবনি। মসিদ হিংমিন্নব ঙর্ম্বগী করি উপাই লৈরি — ইবেম্মা পূম্নমকখালী।

সুপী — অদুব হিংমিননরোইদব অঙাংগী পূক্সিদ চাকথোংবী, য়ুম্বামবী কয়া সান্নে সেল চঙদন, নং-ঐস্থু সান্নমিন্নবদি য়াইদনা অমুক্তং লপ্পী চৎন-চৎন মথোং কারকপসিদ।

পাখং — মদুগী অর্থন করি?

সুপী — মদুদি ঐস্থু খঙদে। মীশিংন লিলা য়েংঙি, অর্থ খঙদন পংনোক্ল নোকই। কনা অমস্থু হিংবগী মমল খঙদন থরা চা-থর-থক অদুম মসিখি। ইবাম্নিস্থু অর্থ য়েংদন নোকমিন্নসি কৈদোবগে।

পাখং – হোঙ্গ পূন্সি অসিদ মান্নব খোঙচৎকী লম্বী ভিন্নরুব মসেল মরুপ ওইমিননৈ অমগ-অমগ। থবক ফংনম্লিবৈগ লম্বী মভা্সিদ সাননমিন্নবদি য়াই – অদুবু!

মুপী —'অদুবু' করিনো হুজিকপু?

পাখং — ভাবোকসিংন অর্থ খঙদন লিলাদ হৌন-হৌন নোক্লরবস্ম মদুগী কান্নব করিমত্ত ফংদ্রবস্ম পুক্তি ময়েং তাই, হিংবগী অর্থ খঙদ্রবস্তু হিংবগী অরাবদুদি খাঙডি। অদুন চৈনা-খোল অদুদি ঐস্থ কি।

মুপী — স্তুকয়ামক য়াবিরয়োইদ্রাও (তকশিল্লি)

পাখং – নহানি থবক ফংনিংঙি—মুপী থিনিংঙি। হিংনব পোকপ মপোকনিন মুঙাইন হিংব পাম্মি। অদুবু থবক ফংদবৈ পূন্সি অসিদ করি উপাইনো?

মুপী — খঙদে ঐদি মুপীনি, নংগী ওইরবীনি .... নংগী মুপী।

পাখং – (ঙক্ল য়েংলগ) মদুন করম্ব মঙ অম।

(য়ুম্বানমিন্নরবী অমগী মতৌ ওইন)

মুপী — হাঙ্গমা মঙ্ নত্তেয়ে তাইবংনে—তাইবং; করিনো অনৌব অনৌবীগী য়ুম্বানসিদ মংগ্রেম হাগ্রেম্নরিসিবু, (থেমদুন) কান্নদেসে ফমথোন কানব মীঙোন্দ চা-চাদুন তুংসিল্লিব লুপা ময়ামসে অনৌব হোংলক্লিব মত্রিসি্সিদ পাথোক-অসে, খম্বুবীরুরমুও নহা ওইন কোক তাঙদুন ঐবু মিৎ য়াম্বী তাহন্নব শীনবীরনো — অদুগী সরুকপুদি সেনজাও পাঙ্গব, মুপীন হাঙ্গব ইনবীব ঐগী ইপুরোইবদ ওইবীয়ো সতী ধর্ম্ম ঙাকচগে।

পাখং — নহাক্ক হাঙ্গৈরিবসিবু করিনো ?

মুপী — পৈসান য়াম্রগ ইসামক হেক্ চৎচগে মন্ত্রিগী কাদ—চিক্ক কোক য়ানোমজরুগে কৈদৌগে। ঐই থোংব চাক ইকায়াং চানিংঙি হাঙ্গৈবীবদো পুজারিক অমত্ত থোংহনজদ্রবনে ইখুৎমক্ক হেক্ত থোংজরব। সিনেমা প্রোগ্রাম সোইর-নিয়ে চাক চাথোকপিররো মথেল লুকোই সেমজরে। (পাখং ঙক্ক য়েংঙি—ওইনন থেমচুন) সে লাকও সেবা।

পাখং — নহাক্কীসি মঙৌদি যান্ন মাল্লি, অদুবু থবক ফংদ্রি হাঙ্গৈ-বসিমদি কাওনেদদ।

মুপী — (থওইরুদে) কারসু ড্রাইবররবু ফজন, লংন পোলিস তৌহনজরবনে ঙসাই অয়ুক্তগী তক্কুন,লাকও থেঙগ্রনিয়ে মুংসিবা।

পাখং — তসেংন মুংসিরবজাৎলা – থোনজেন্দ্রদি ফন মমুংসি যৌবনগী থেঙথরব অযুকসিদ।

মুপী — কার তোংব, থাদ লুপা চাত্রেৎ চানিপাল ফংব, ঐবসু লুন তৌবীব, সনাক য়াম-য়ামন সাবিব ইপুরোইববু করম্ন মুংসিরোইদৌরিবনো। পুম্সিগীদি খঙদে সেম্ভোক্ক লৈরিঙৈ, ফিবমন ফরিমখৈ ঐসে নংগীনে—থম্মোইগী থোইদাবাও, হকচাংগীসু চান্নবাও।

পাখং — মদুম্নবু খল্লবদি কৈ পুন্সিসিদ নংগীদমক কথোকপ ঙমদব লৈরোই। অফিসকী কেরানি অম হাপকদব লৈ মন্ত্রিক তাহন্দন লুপা লীসীং অমনি চারক্কে অদুগ নহাক্কী নেক্লেস সরেং মথা হাঙ্গৈবদো সাবিরগে।

নুপী — সরেং মথাদ নত্তে তেক্তর মংখোঙগী লৈ হাঙ্গ্রুংসু খরথুম সাবিয়ো সিনেমা য়েংব চংপদ লেম্ন লেম্ন লিজগে !

পাখং — সাগনি, নহাক্ক হাঙ্গবদ তৌগনি । ঐস্ত মতমসিদ অফব নিপা হাঙ্গবত্ত ওইনব নুপীন হাঙ্গবদ ইনগদৌরিবনি ।

নুপী — হোঙ্গ, অতুম্ন খর পূকচেল চাওবীয়ো, সনা লুপা য়াম-য়াম্ন থোনবীম্ন হয়েং সাহেবন ধবক তোক্তুম পৈসা থোক্তব মতমদ ঈপামদ হনগ্রগ নুঙাইন লৈজরুনব । সৈত্য অতুম্নক হাঙ্গরগনে থম্মোইসে খাঙব ঙমদমখৈ নুংসিরকইকো — লুক হাবিরম্নো চাম্নবা সনা থোনবিমন্দুন থাদোক্কদব পাম্মুবাও !

পাখং — লাকও লাকও নংস্নু ( থোংগ্রাই চন্দুন ফমখি ) নংগী চাক ইনসাং অসিবু করম চাও হাঙ্গব ?

নুপী — হাইমা কৈদামনিনে তনজগ্রে, মথেল লুক্কোই হাব হৈবীদ্রাও মতৌ মালহনবীয়ো !

পাখং — চুম্মী মতৌ মালহনবতগী সমাজ· অসিদ উপাই লৈত্রব ঐস্নু অহিংব সানব মতৌ মালহনব তারি ।

( আসমন তৌত্তুন চাবং হৌগ্রে )

নুপী — (মথেল তাকই) সোমদা অঙৌবং লৈরে, সোমদ অথোংব অঙাউব-অলোইব মথং মথং লৈরে ।

পাখং — ( হাওরব চথোম অমগ লোঙ্গনন ) অস! নহানমখৈ ঐদি খঙম্নেদন নহাক্তি তসেং তসেংব মহালক্ষ্মীনিন্দন, অস্নুক

— হাঙব চাক-ইনসাংদি অমুক্তস্থ চাধীত্রিহাঈব ;
থঙদে চান্নবীন যোংবসিদ পংহাওদ হাওয়ব জাংলা
( চখোম চখোম চাড়ুন ) বা বা কয়াদ হাওগ্রব ॥

মুপী — অবাৎ অপাদুম তাকপিয়ো। লুনবু তৌথিয়ব সনাগী
চাংবু হেনগৎপীরব সুভিগী থোংজগে, তলবকী মথক
সেল য়াম-য়াম চারগ ঐঙোন্দ পিন্নবীয়ো — সে ঙা থোংব
[ হাপকে তোই ]

পাখং — নহাক্কীবু লৈরিত্রাও — ঐঙোন্দ পংহাপ্ত হাপ্পিসিবু ?

মুপী — কৈনোমি ঐস্থ মীওইবনে ইসরুক লৈত্রগবু মীঙোন্দ
হাপকে হাঈগত্রাও, ওক্রুগ হাপচরক্কে য়াম্নদ লেম্বীরম্মো !

পাখং — খোনজেন্দি ফজব থবক্তি ফজদবদুনি এন য়াম্ন পামত্রিব,
য়াম্ন হৈনত্রিব।

মুপী — মতমগ চুনন চৎপ ঙমদ্রবদি কমদৌনি ফম কাররোই।

পাখং — কৈ ঐস্থ হোৎনগে চুননব। নহাকস্থ চাথোঅসি
লাকও !

মুপী — ইবুংঙোন লোইরগ !

পাখং — হিংমিন্নগদব মসেম্নি পুন্ন চামিন্নবদ কৰিস্থ কাঈদে।
ইহে ! ঙসিদি স্থভিনি হোন্দু য়াম্ন চিনগনি ফোন্দ
সিজার্ব ভৌত্রোবর ফজ্রাও য়েংনিংব হোল অমদ।

মুপী — হোঈনে ! ইকাওবু কাওরুরেদ মুংসিবগী সেবাদ (রিসিবর
পাঈবগী মওং ) প্লিজ গেৎ মি ডবলতু জিরো তু ........
হেল্লো প্রোপ্রাইতর সাহেব .... .... .... ও ঐ মিসেস

ইনাক খুনবীনে .... .... .... .... মোর্নিং সোগী ডি সি
ভিকেৎ অনিথক্ত .... .... .... ৎঃ ওঃ (নোক্তুন) কপলনে
(খোইদান নোকই) মোস্ট কনভিন্যান্ট .... .... ....

পাখং – সিনেমা য়েংব ফাওব খুদোংচাব মফম য়েংলিব !

সুপ্রী (ওনসিল্লক্তুন) মী ওইন হিংলবদি হিংবগী খুদোংচাব য়েংনব ভাক্নি মফম মতম খুদিং ! (রিসিবরদ ওনসিন্দুন) ও ও ওঃ কে থেঙ্কয়ু। (রিসিবর থম্মি)

(পাখং চাকচা তোকপগী খুৎসা হাপ্পী)

য়াম্ন মসা নানব মীয়াঙ্গ
চল্লব ফৈজোম পুময়াৎ
সেৎ-চাব মহাজন – লীচৈ পাঙ্গদুন চংলকই !

মহাজন – কনা কনানো, সুমিৎ ভাসিল্লক্লব অসিফাওব ঐগী অহাংব লক্কাং অসিবু রাই চিলহল্লিব মী মান্দব জীব অনি ?

সুপ্রী —(চংসিন্দুন উসিক্তুন) নহাকপু কনানো, চাক ইনসাং থোংবদ লু-নানগদব বামোন, মাল্লি—পুজারি ওইগে হাঙ্গত্রাও ? খাগী তলব লুপা কয়াদ পাম্ম হাঙ্গয়ুদন সকসু মফজৈ লৈমিন্নবদ সুঙাইবসু ময়াই।

পাখং —[মফি হোংবগী মওংদ] নংবু মেক্-অপত পুং চাতরেৎ চংগনি [ঘরি য়েংলগ] পুংদি তাগদোরে !

সুপী — ও ! সোরি [মহাজন্দ] করিগুম্ব থবক্ ভৌব পাম্লবদি হয়েং অমুক লাকও, ঙসিদি প্রোগ্রাম থর কুংঙে, সাঙব য়াদে অচৌ অসাং খনবগী চৎনবী খঙলমগনি নংস্থ !

পাখং — [তাই সেম্লগ] হোঙ্গ-হোঙ্গ হয়েং হেক্ত লাকও সোঙ্গদনব হোৎনসি, ঐগীদি বাবুনিন য়ারগ লোইরেদ [সুপীদুদ] সে তাইসি অমুক্ত সেম্মু [সুপীদুন চংশীন্দুন সেম্মী]।

মহাজন — [সাওন] ঐঙোন্দ করেম্নগম্মু ঐ লম অসিগী মপুনি। হিংব মাপ্রব মহিক্ নখোঙ্গনস্থ ঙাওসীম্লব সারি।

পাখং - [ঙক্ল] অস্তুক চাওথ্রব কদিস্থ সীজিম্লদ্রব লম্মাং অসি নহাক্কী !

মহাজন — মানি ।

পাখং — অদুদি নহাক্কী য়ুমদি ?

মহাজন — য়েংঙু ! [ তাক্লুন ] মথোল-মথোল, পরেং-পরেং উখ্রিব ফুরা-দলান ময়াম অসি ; অদুগ য়েংঙু [নাকল অমদ'মুক] পাক-সম্ল লৈখ্রিব লবুক, হৈকোল-লৈকোল কয়াসি ঐগী সমপতিনি।

সুপী — সমপতি ময়ামসিবু কনা কনাগীনো ?

মহাজন — ইভোমতগী ! ঐন হয়েং সিথ্রগ ইচা অমথক্তুংগী।

পাখং — অদুদি মাবাগী নখমতম নীংদিনদ !

মহাজন — [নোক্লুন] তুংসীম্লিবনি লুপা লখা-লখা, নোংমদা মহৈ-মরোং পূকৈ-পূকৈ।

সুপী — মতুন করি কাম্নরিব ?

মহাজন — সেন্দোং তাল্লি, মীন ঐগোন্দ হাঈজংল্লি, সমাজ অসিবু রাহনগে-সিহনগে ওল্মি, মীসিংগী মবুক পুম্নমক ঐগী অকোঈবদ মুংসা কোইনব ওল্মি।

পাখং — অদুদি নহাক্কী পুক্কে মনুংদ ঐখোইগী পুন্সি কয়া সো লোনসীন্দুন থমখ্রে, মদু পীথোকউ, ঐখোঈসু নীংতম্ব পাম্মি পুন্সি অমনি নংগুম্ব।

মহাজন – নত্তে নখোঈবু কনা কনানো ?

পাখং — নহাক্ক কুম্ম য়েংলিব, থবক ফংদব মিলন কয়া কয়াগী মনুংদ সিরমদাই য়োরব গ্লাদিএতর অনিথক্।

মহাজন—নখোঈ ঐগ মরী লৈনদে।

মুপী – মদু হাঈমু, ঐখোঈগী পুক্কী দরকার ওইব পুম্নমক নহাক্ক পৈসিনখ্রে।

মহাজন – মদুদি নখোঈদগী নত্তে, মতিক চারবদি নখোঈসু লৌখিব য়ানি ঐগী মমল পীবগ, নত্রবদি কা-হেন্ন ওাঙগমু মাঈথীব ফংগনি।

পাখং – ঐখোঈ মাঈথীব কিদে, মীচঙ্ যাম্বগী সক্তিসু লৈ।

মহাজন – [উসিত্তন] নখোঈবু লিংজেল মান্নত্রাও, পুনসীন্নব ওঙ্গ্রাও, নত্তে মঙাদ সুন তিন্নব-পুনসীন্নব য়াজত্রা হাঈবা ! [করেম্নরগ] কান্নদেদ মসীং য়ামব সমুদ্রদ তাওব কোঙ্গোন্ন কৈদৌননি সোরন ফু ···· ···· [কান্নগ] লাওন কাম্বদ লীসীং লীসীং পোক্-পোক্ কাঈখীগদব ওাক্কনি।

পাখং — নহাক্ মসিমদি কাওগমু লানফম অমদদি মীওইবগী থম্নাঈবু লম্লোল্লিব নখোইবু মসীং য়াম্নব, সেত্ত-চাত্রব

কাংলুপ্ল মাঙ্গথীব পীডুন, মতীকচাথ দন্দি পীরখিনি নখোঙ্গ-গুম্বগী নথক্ত খঙলত্রা ?

মহাজন — পুম্নমক্ সেমসাজো মচু থেংননব ঐগী সক্তি মহাক উদ্রা – পৃথিবী সীন-থুংন মরাইকাইগৎলক্লীব লোইচনব ঙৈম্বে পাঙ্গন-থৌনা !

সুপী — (কেথডুন মহাজনদ) অথৌবা ! নহাক্কী সমপতি মন্নামচুগী মরক্ত ঐবুস্থ অম ওইহনবীয়ু।

মহাজন – মচু ঙমদে, ঐগী মী রাক্তে-পুম্নমক রাক্তে।

পাথং – নহাক্ত মপাপ্পোংদদি ফজনব নয়ুম-নকৈ, ফুরা-দলান মথোল মথোল সাই; নংগ হিংমিন্নরিব থবাঙ্গ কয়াবুদি মচু তাহনব পামদে, হেন্ন-হেন্ন অপুম অসা মরক্ত ইস্থুরি।

মহাজন – অচু-অদা খঙদে নখোঙ্গ খুদকসীমক্তদ চথোকখো হাঙ্গ-রিবসিনি। খঙলত্রা ঐগী লক্ষাং অসিদ অহিং লেকপা থক ম্নারোই !

সুপী — পূকচেল চাওরব ! ঐবুদি নহাক্কী ফমুং নাকচিদ তুম্নবীয়ু পুন্সিগী য়ুম পানজদ্রি।

মহাজন – ঐহাক্কী ফমুং নাকচি অহাঙব লৈতে – মেনকা, সকুন-তলা, সাবিত্রি, সান্তি পুম্নমক্ত মিকুপ খুদিংগী ওন্ন-ওন্ন সেবা চঙলি।

সুপী — মরক্তুদ ঐস্থ অপসরা ওইন সেবা ফংহনবীয়ু !

মহাজন – ঐবু লক্লগম্ন, নখোঙ্গ খুদক্ত চংপ্রো মসিদনি। নত্রবদি নথন্নাঙ্গ মাঙগনি খঙলত্রা !

সুপী – অদুবু নহাকপুদি থবাঈ হকচাং য়াওন সুংসি, [চংশিন্দুন] অসুক সুংসিজরিবী ঐবুদি পূক্তদি থলহনবীয়ু।

মহাজন— মদু ওইথোক্তবনি থঙলত্র, ঐহাক মহাজনি– সীগংনরবী নখোঈগুম্বীগ নক্লব অচ্চা [তিন সিৎলি] –

সুপী – হাঈবীগমু সুংসিবা – চহী অহল ওইজরবস্থ হকচাং নহা ওইরিবা – (হেম্ন নকসিল্লি)

মহাজন – হাঈরিমক্তদ মীনাই নুপী, [সাওন লাক্লুনা ঈল্লী সুপী তুখি] কমদৌই ! অমুক লৈরমগমুকো মফমসিদ [সাওন চৎখি]।

সুপী – [চৈনাখোল খাঙন-খাঙন হৌগৎলকই] কাম্নব্রেদন !

পাখং – ফন মহোৎনৈ নপকদবগী ; খঙব্রে সেম্ন মথোক্লব, থবক্ল মফংব্রব, ফিভম্ন মচাব্রবদ সুপীগী চনপ্লী সক্তি অসিস্থ মব্রেং মতারকই।

সুপী – সক্তি অসি কনথৎনব ঐস্থ সক-চু সেম্ব তারি, ইজৎ য়োনদুন মিংচৎ লৈননব য়ুম মসীঙ হেম্ন পান্নব হোৎনখিব তাই।

পাখং – নঙোন্দবু য়োনবদ সিৎকদব কব্রি লৈব্রি ?

সুপী – নহাক ফনস্থ চাওরে কব্রিগীনো অস্থক পঙলিবসিবু। ঐহাক সুপীনে – মতমসিগী সেন্দোং লমজেনগী সুপা কৈথেন্দ অঙৌব ঙাগুম য়োনব য়াবী। মমল কাব-কাদবন অমনি—মদু ঐগী মস্তিক্লব হৈবগী খোনাদ লৈরে।

পাখং –ফৈ য়োল্লু, অদুবু হিংলিবী নহাক্ল অয়োনপোৎ ওইক্লব – তারব মমন্দি হইস্থে, মমা পুম্নমক তুক্কচনহল্লি।

মুপী — মতুমক্ ঐগী ইরাল ওঈব য়ারোই, হিংননবগীদমক ওসিগী সমাজ অসিন ঐহাকপূ নমতুন য়োলহনবনি মসিতনি নংন খঙ্গদব !

পাখং — ফরে অদুদি মিৎ-না খরদং উরিরৈঙে অমুক খোঙ্সাল-হৌসি (নীংসীংলক্তুন) ওঃ ! হুজিক করি পাম্মি কৈথেল-লোমদ চৎলগে হাঈব্রা ?

মুপী -- করিগী ! হুজিক ফাও'দি নহাক্ থাঃনব য়াদ্রি তুংগীন অমনি ।

পাখং — অদুদি চৎসি ।

মুপী — কদাইদা ?

পাখং — থবক্ থিব ।

মুপী — চুম্মী, ফংখিব য়ারি, মতম লৈরি। অদুবু ! ফজরব ফুরা-দলান, জীব্-কার, হৈকোল্-লৈকোল, মীনাই-মীসল ময়াম অসি ওন্ন থনম্ব ভারব্রা ?

পাখং - লৈহৌরসমু ।

মুপী — পাম্মুদ্রব ?

পাখং — পৈসিন্নরম্মী, ওৎলম্মী, অওৎপ খাঙ্লম্মী ; অদুবু পুন্নমক চৎখি অরোইব লম্বীদ। নং-ঐস্থু পৈসিল্লুরে রাত্ত-পাদন — ওন্নমকসি হুন্দোক্তুন চৎখিবদ করি কাঈরী ? চত্তব য়াদবনি পূন্সি অমনিন — পুন্নমক লৈহৌরসমু চৎলসি লাকও মী কুংলব লম্বীসিদ থবক থিব।

মুপী — ফৈ ।

( খুৎসন্নন চৎমিন্নৈ, খোনজেন তাবদ লেপ্পী )

খোনজেন — লাক্লম্মী থবক্ থিব — ৎিরি — থিখিগনি মথং মথং কাচিন-কোয়া খুদিং হিংননবগীদমক্ পুন্সি অসিম ! কাদইদ লৈরমগনি ! ফংলুগদ্রা, ফংলুরোইদ্রা ? ঝাহং-সিগী পাওখুম পীনব কনান থোনা লৈন লেপ্লি ? ঝাহং অসিনি। পূন্সিগী চূনরব পাওখুম কয়া লোংসিল্লিব অসিন কনানো ? মসিমত্তংদি থিকম থোক্ই — ঝাহং কয়াগী মরক্ত। মসিমত্তংদি থিকম থোক্ই।

( খোম্থাং লোইখি, অনিমকস্থ চংখি )

* * *

২

থবক্ ললোনবসিংগী নিলাম লাওক্ষম
মীয়াম্ন ক্রক-ক্রক্ ইন্নরিব মক্ষম !!

মসা নাম্নব, থবক্ ললোনব অফিজার সাহেব অম চীংলেম্ন থোরক্তুন মাইক্রফোন্দ লাংথোকপগী মওংদ —

ললোনব — থবক্কী নিলাম ওকপিগদব লেদিজ এন্দ্ জেন্তলমেন্ত। হুজিক ওহাক্কী মনুংদ নিলাম হৌজরগনি — ময়াম পুম্নমক্ সেম-সাদুন লৈবিরো! মমল্ খেন্নব থবক্ অহুমনি। অহানব থবক — "সাহেবকী ইমুং কোইব". মথৌদি য়ুমগী অঙাং লৌব. ইবেম্মসিংগী ফি-রোল, ফত্ত-হৌদি, সু-চামব, অতৈ পাখোল য়াব। চঙ্গদব চহী অমসুং গুণ — চহী কুম্ত্রামঙাদগী নিফূ ফাওবগী মীওই, য়াম্নদ্রবদ মপু নীংবগী পূকচেল চেনব মীসক্ ওইগনি। মুশা মুপী অনীমক য়াই। থোইদোক্ল পামবদি — হাঙ্গবদমক ইম্ব, থৌদাবদমক্ য়াব, ফৈদমক্ হাঙ্গবসিনি।

অনিস্সব থবক — সাহেবকী তুংকোঙ্গন ইম্নদুন গারি অমদি চৎলু-চৎলুব মক্ষমদ সাহেবকী থোঙউপ্লচিংব লং-লংন তক্থোকপ, হিদাক-লাংথক লৌথোক লৌসীন

ঙশ্ব, ঈসিং মাঈসিং পুথোক পুসিন হৈব সাহেবক লোঈ-নব — মরু ওইন মিৎ-না। সিংব সীন্দোক সীনজিন ঙাংথোক ঙাওসীনদ হৈ-সিংব ওইগনি।

অহুমস্থব থবক — কোঈন চৎপ, লম্বী-লমজাও হোতেল, মীতিনকমসিংদ সাহেবপু "অফব মীনি" হাঈন থৌনা ফন মিংচৎ সন্দোকপ ঙশ্ব, মসা মউ ফব, ঙাও-সকপগী হৈসিংব গুণ চেনব ওইগনি। থোইদোক্ক পাম্বদি রেসলিং ১স্থং কেরেৎকী দিপ্লোমা পাঈরব অসিনি।

হাঈরিব পুম্নমক বিঃ এঃ নত্রগ বিঃ এসিঃ নত্রগ মান্নব থাক্কী মহৈ ফংলব ওইগদবনি। অদুবু চৎনবীদ থবক বাংন থঙলবসিংগীদি পুম্নমক্কী তাথোক-তাসিন লৈগনি। (ঘরি য়েংলগ) হুজিক পুং খরগী মতুংদ নিলাম অসি হৌজরগনি। থেঙ্ক য়ু ওল।

মীয়াম নিম্নরকই (ভাবোক লৈফমদগী)

মীয়াম— হোয়ো, হোয়ো, নিলাম হোয়ো।

অহানবমী— মী অসে সমুদ্রগী ঈথকুম পৈরে, নিলামহোয়ো!

মীয়াম— হোয়ো হোয়ো।

ললোনব— ঙাইবীখো। (মখুৎ থাংগত্তুন খাম্মি) সোইদন হৌজর-গনি। থবক অহুম অসিবু লাক্লবিগদব থৌনা ফরব

ইবুংঙো-ইবেম্মা লীসীং মরিফুনি, পুম্নমক মসীং মুন ভিনখিসনু।

মীয়াম— হুজিক মী লৈসীং মরিফুদ নত্রে য়ামত্রে — মসীং লাকঙমখিদ্রে।

অনিস্নুব মী— নহাকস্নু উন্নিবদুনি, থবক অহুমগীদমক ভাইবংপান অসি পাথোক্লদবগুম মীন পৈরে।

ললোনব— কুইজররোই, ঐখোঙ্গী মসীংথীনব খুৎলাঙ্গন থীবদ সুপ্নগী লীসীং হুমফুতরাতরেৎ-চাত্রেংয়াংখৈ মাপল তমক ভাঙ্গৈরি। অহুমকপু কুইজররোই, করিগুম্ব সুত্রবসু পুংখাঙ্গ অমগী মনুংদ সোঙ্গদন হৌজরগনি।

অহুমস্নুব মী— অয়ুক্কী পুং তরাদ হৌগনি হাঙ্গবদুন হুজিক মুংথিলগী পুং অনি হেল্লে।

অহানব মী— মীয়ামবু অস্নুম ওৎকনো।

মীয়াম হৌরো, হৌরো — পুং হেল্লে, নিলাম হৌরো-হৌরো হৌরো।

ললোনব— পুংগীদি মতমগী হৌনবীনি! হুজিক কনাস্নু মতমবু চপচান সীজিন্নব হৈনদে, ঐখোঙ্গস্নু মতমবু থোইন থোসারুদে।

মীয়াম— হৌত্রবদি পৈসা হল্লো, পৈসা হল্লো — পৈসা হল্লো।

ললোনব— মুংসা থীবিগনু, অহানব দিপোজিৎকী সেনফম মাঙদনব অনৌব পৈসা য়ামহনবীরু পুম্নমক্কী য়াইফনব সীনজগনি, য়াম্ন পীথোকপ ঙম্মে থোনা লৈনবিয়ু। ঐখোঙ্গী

অকক্লব দাগ থমজদে অহেনবদ তাম্নবীয়ু থবক সোঙ্গদন ফংবিগনি। ঐখোঙ্গ ঙ্গৈরেবাক মচা মসেন্নী থাজনসী ওঃ কেঃ। ( হন্দোকথি )

**থবকথিব পাথং লৈসাবী অনীচু হাথু-হাথু সোর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুন চেনসীল্লকই।**

পাথং – চেল্লকউ ফংহৌররোই নহাক অসে ওম্থোক্ল পাঙখিদরে। য়েংঙু! থবক থিরিব মীয়ামগী সমুদ্র অসি।

মুপী – পূক অসি য়াওখিদ্রে, ৱাবনসু সিগদৌরে, খোঙ-খুৎ পূম্নমক তেক্লুন তাহৌরবগুমলে।

পাথং – অদুক পাঙদবা নহাক্লা মতম অসিদ থবকথিব খোরকলি! ঐদি নংমুক ঙকপ লৈতে।

মুপী – ৱারব লাম্লববু করম খাঙব ঙম্বগে!

পাথং— থবক ফংদ্রিমখৈ ৱাদব ভাই, সেল থোক্ত্রিমখৈ লামদব তাই। নহাক ঙ্গৈরেবাক মচা নত্রাও নজাতিগী ইজৎ সন্মান ঙাকউ – খাঙব কল্লু পাঙদব মপান থোক্কনু।

মুপী — অসুক ৱারব, চাব ফংদ্রব, সেৎপ ফংদ্রব অসিমক্তদ পোত্থানব মতমসু ফংদ্রব!

পাথং – পূন্সিদি পোত্থানবা নত্তে, অদুগী মথক্ত নহাক্তি থবকসু ফংদ্রি করিগী পোত্থাগদৌরিবা? য়েংঙু, মাঙজিন থান থবক্ থিব থোরকই ঙসিন কয়াদ ভুংসোত্থরব! ঐখোঙ্গ পাঙমন্দে, চেনখৎলকউ!

সুপী — লাল্লিবসি ঐখোঙ্গীন ওইব তারব্রা ?

পাখং — ঙাইখো ঙসিদি নাম্বোকহনব য়াদ্রে, লাই খোরিম্মু — সে [অনিমক খুরম্মী] হে থবক্কী লাই .... [তুমিন লৈনরুম্বগ] থবক্কী লাই অসিবু কনানো ?

সুপী — ঐস্তু খঙ্দে। কনানো ? ঙাইখো। মন্ত্রীগ ওইরিগদ্রা, মীসিংদি মন্ত্রীন য়ারে হাঙ্গৎলুন থবক্ পংফংদ্দ মফংখি।

পাখং — মরে, ঙসিদি অঁম মন্ত্রীগ অমৰ্দি খঙ্দর্ব য়াদ্রে।

ললোনবদু খোরক্লুন লাওথ হৌই

ললোনব — ময়াম পুম্নমক ! .... ....

সুপী — (হাথু-হাথু) য়েংঙো য়েংঙো ! নিলাম হৌগদৌরে !

ললোনব — খোরাং ভৌবিরো হুজিক নিলাম হৌজরগনি।

পাখং — নহাক্কী সার্তিফিকেৎ পুম্নমক সুব্রিদ্দন ?

সুপী — সুরি, কুইমন্দুন থরদি মল্লে। খঙদে মল্লে হাঙ্গিরকদ্রব।

পাখং — রাখল-হকচাং মন্ত্রবদি করিস্তু কাঙ্গিরোঙ্গন !

ললোনব — (লাওদ্বকই) অহানব থবক্ —।

সুপী — (পাখংদুদ মথুৎন সেং থাদুন) লাওরেসে !

পাখং — (নংহৌরোইদগুম) বিএসি !

মীয়াম অদু "রা-রা" নোকসিল্লকই

ললোনব — বিএসিসিদি য়ামদ্রব রানি।

পাখং — দিস্টীংসন

সুপী — ওনর্স।

ললোনব — মতুংসু ওনেক অমনি। নহাক্ নিলাম অসিগী চৎনবী থঙ্দে।

পাখং — চৎনবী হাঙ্গবসিবু ?

ললোনব — হৈই চৎনবী থঙ্দব লন্নাঙ্গমচা! মসিনস্থু মীয়কতিনব পাম্নি। মতমসিগী চৎনবী হাঙ্গবদি সেল, পৈসা থঙ্লেদন।

পাখং — (পৈসা হাঙ্গরকপদ মসাদ কোইমা মাড়ুন থিরগ মুপীদুদ) ঙসাই সহরগী লম্বী ফাওরকপদ খুনথিব পৈসাদু ?

মুপী — য়াওরি (চেকসিন্ন পুল্লিব ফিজিত্তু খোকই)

পাখং — কদাই নংহৌরবোই।

মুপী — সে (পী, পাখং লৌরগ সৎ-সৎ তকথোক্ই)

পাখং — (হন্নাওন) মসি ঈশ্বরন পীবীরবনি, থবক্ ফংলবদি ইবান্নিস্থু লুহোংব য়ারেদন।

ললোনব — ময়াম পুন্নমক্ .... !

মুপী — (খংচিং চিংড়ুন) য়েংঙো লাওরকদৌরে! [সেম-সাই]

ললোনব — অহানব থবক।

পাখং — পৈসা মঙা (থবাঙ্গ ভান থাংগৎলি)

মীয়াম — [সাওনরকই] মসি ফাগি নত্তে থবক্কে থবক্।

মীয়ামদগী ১ — থবক্ক সীয়োন ভাঙ্লব নতমদ পৈসা মঙা! কদাইদগী অঙাওবনো —

মীয়াম — ফু - ফু, ভানথোকখো।

পাখং — [মথরাই সোক্ল] মসী ফাগি নত্তে পৈসানে, তসেংনমক্কী
পৈসা -- পৈসা মঙা !

মীয়াম — পৈসা মঙাবু পৈসারাও ?
— মী উসিত্তব ফু - ফু !

ললোনব – [সাওন চংসিল্লক্লুন] পৈসা মঙা ! [পৈসাদু কনথংপি]
মীন অসি য়ৌন তিল্লবসিদ উসিত্তন ফাগি তৌসিন্নব
সারি চৎক্রো চৎলু ।

মুংসা থীন অনিমক্ পৈসাদু থি

মীয়াম – [লাওসিল্লকই] ফু ফু ।

পাখং – [থিব ফংত্রবদ মথরাই সোক্ল] পৈসা মঙাদি পৈসা নত্রব !
পৈসাগী মরক্ত পৈসান কান্নদব, মীগী মরক্ত মীন চন্নদব !
অদুবু, [কন্ন] অদুবু ঐ বিএসিনি — বিএসি, নখোঙ্গন
তান্নরিব বিশ্ববিদ্যালয় অদুদগী দিগ্রি ফংলব ।

মীয়াম — নবা লৌদে, অঙাওব নবা লৌদে — ।

পাখং – ঐ ঙাওদে, ঐ ঙাওদে ।

ললোনব – [সাওন] তুমিন লৈয়ু [খুপাক্ল থাগে তৌই] চৎক্রো
চৎলু লৱাঙ্গ মচাসিদি ।

মুপী – ( খান্নিংবদু ঙমদন ) মীসিদি মীদ য়ান্ন কল্লী, ঈশ্বর হাঙ্গ-
বদু মখোঙ্ পান্দুন চৎলন্নবদি খাঙব ঙমলন্নোই ।

পাখং – চুম্মী । (য়ান্ন তূকথনা অনীমক নাকল অমদ থৈদোক্লুন
লৈ )

ললোনব— [অমুক চংসীন্দুন লাওথি] অহানব থবক।

মীয়ামদগী ১— লীসীং অহুম [পাথংলৈসাবী অনীচু ওকই,মচীন্দ
ম্রুম ম্রুম সোল্লি]

ললোনব— লীসীং অহুম। লীসীং অহুম অম, লীসীং অহুম অনী

অনিসুব— লীসীং মণ্ডা।

ললোনব— হৌজিক লীসীং মণ্ডা য়ৌরে। লীসীং মণ্ডা। লীসীং
মণ্ডা অম

অহুমসুব— লীসীং মণ্ডা চাত্রেং।

পাথং— ইসঃ ওথোক্ল তাণ্ডব্রেদ

ললোনব— লীসীং মণ্ডা চাত্রেং।

মরিসুব— লীসীং তরা।

পাথং<br>মুপী ] —লীসীং তরা! [ওকই]

ললোনব— লীসীং তরা। হৌজিক লীসীং তরা! লীসীং তরা
অম — অনী —

মুপী — অমুক য়াম্ব পৈসা! কনাদগী?

ললোনব— লীসীং তরা — অহুম, মরী, মণ্ডা —

পাথং — মথোঙ্গ অসিন অমুক কমা!

ললোনব— লীসীং তরা-তরুক, তরেৎ, নিপাল, মাপল, তরা
হৌজিক অহানব থবক থাইদগী য়াংন হুনবীরকপ
ভদ্রলোকী ওইরে। অদোমগী মিং?

অনিসুব— লাখপতি মযুম হজার চাওবা।

ললোনব — মহৈগী থাক ?

মরিসুব — মেত্রিক পাস তৌজদে, অ.রংব সার্তিফিকেৎ অমদি ম্নাওজরি। অতৈ অবাংপ দরকার লৈব পুম্নমক্কী অহেনব লুপা লীসীং থরম্ন ম্নাওজরি।

ললোনব — য়াবনি, অদোম অফিসারগী কাদ চংবীয়ু লীসীং তরা দেপোজিৎ তৌবীয়ু, অবাং-অপা তাংনবীয়ু হয়েংদগী থবক হৌব য়ারগনি।

মীয়াম — ম্নারোই ম্নারোই থবক্কী মমল য়াম্মল্লী, তাঙমল্লী তাঙমল্লী — ।

[নিলাম ওকপ নীপা অফিসারগী কাদ চংখি]

ললোনব — ব্রারৌবিব য়াদে মসি ময়াম্ন হুনবীব মমলনি, ললোনব হাঙ্গবসিদি অ:হনব মমন্দ পীজব তাবনি ঐখোঙ্গী ইরাল নংচদে। হান্নগী কক্লম্বা থবক্কী রেৎ অতু হুজিক্তি হাঙ্গ-নীংঙাই লৈতন তাঙখৎলক্লবনিন অকক্লব রেৎ খমজদে। মসিগীদি ময়াম্ন হেন্নতুম খঙবীরবনি ! [ঘরি য়েংলগ] য়াম মুংঙাইজরে ঙসিগীদি পুং তারে অম্নাংপ থবক্কী নিলাম হয়েং পুং তরাদগী হৌজগনি।

ময়াম — য়াদে য়াদে থেঙ্ন হৌখিবনি চত্থখো চত্থখো।

ললোনব — অহৌবগী মতম 'থেঙ্গ্রবম্ন শুক্তিগী মতমদি চাহন্দব ম্নাদে মসি অফিসকী নিয়মনি, ঋরে হম্নেংগীদমক সেম্-সাবীরুরো সেল-থুম খোমজিনবীরুরো। থেক্কয়ু ওল - ওকে

( চঙখি )

পাখং — মসিদ ঐথোঙ্গী করি উপাই ! ওঃ ! থা য়োন চৎনীং-
বগী থৌনা পুন্নমক্ হিংনবগী থবক্তং থিবদ ( াকথহুন
কেম্ব ত্তারব ! পূন্সি, নংগীদমক্ কণ্ডব ঙমদে । পোক্লরগ-
মাঙ্লেদো অরেম্বদ হকচাং-পূক্লিং-রাখল ।

মুপী — নহাক্ল সোম্বরবদি ঐদি করম তৌনি, সোম্বগদব মতম
নস্তে । পুন্নমক ঐখোঙ্গী ইরান্নি থবক তম্নক্তে অদুন
ঙসি থবক্ ফংব্রে ।

পাখং — চুম্মী, ঐখোঙ্গ মাঙ্লবনি । হৌরক্লিব নকা পুন্নমক ! থবক
য়াওদব মীওৎপগী মহৈ তমগন্নু — থবক তম্মু । ঐখোঙ্গ
হিংব পাম্মি, অনৌব পুথোকপ পামমি । অদুবু, ঐখোঙ্গ
মাঙলে মীয়োল অসিম পৎ-পুন্নে, পুন্নমক্ কেমলে ।
মসিবু কনাননো, মসিবু — [মুপীদুদ] মসিবু কনাননো ?

মুপী — ঐস্ন খঙ্দে মাঙব অসিদ য়াওবতনি ।

পাখং — খঙ্দব ! [খম্বরুরগ খাঙমদন] খঙফম থোকইন ! অদুগ
অখঙ্বন কনা ? লম্বীন কদাইদা ? ঐখোঙ্গ খাঙব
ঙমব্রে লম্বী অসে কদাইদনো ?

মুপী — কম্বে তোকলো, মথা খন্নরসি । হুজিকপু করিনো তৌগ-
দব ! অতিয়া পক্ল রাংনিঙডি অদুবু পুন্নমক হেন্ন-হেন্ন
লৈখাদ পুথব্রে ।

পাখং — চুম্মী । ফরে মসিগী মহুত্ত ঙসাইগী ললোনব সাহেবতু-
দগী থবক অমত্তং সোৎপা য়ানব ঙাঙ্নসি ।

নুপী — হোঙ্গ, সোৎপবু ফংলবদি উপাই অমদি লৈরেদন, পুন্সি অসি সোত্তুন হিংবস্ত্র য়াইদন।

পাখং — মতুমক্তি, হিংদবদি য়াদবনিন বাকিদ ওইরবস্ত্র হিংদুন য়েংব ভাই।

নুপী — ললোনব সাহেবসি থোরক্লে!

[ললোনবদু থোরক্তুন পোৎ লোইসিনবগী মওং]

পাখং ] নুপী ] — ( চংসীন্দুন খুৎ লোম্নরগ ) নমস্কার সাহেব !

ললোনব — ( থৌসাদন ) নমস্তে ! করিনো ?

পাখং — অদোমগী থবক লৈবিরিদন ?

ললোনব — হোঙ্গ লৈরি।

পাখং — সেলহাদি কয়া ওইরবনো ?

ললোনব — ( সাওন ) মদু কয়স্থ রাহংনো ? নহাক সিআইডি মাল্লি, মদু ওইরবস্ত্র মসি ইফোং ফোংলবনি, অদুগী মথক্ত নখোঙ্গগী সাহেবকী সেনফমস্ত্র কাইথ্রবনি, থোইন থিজিনগনু নহাক্তুম নফম ভৎকনি। নখোঙ্গগী অফিসার চৎনবী খঙব মীনি।

পাখং — সাহেব ঐখোঙ্গ সিআইদি নৎচদে থবক থিজবনি।

নুপী — ঐখোঙ্গবু থবক অমত্তং ফংহনবীয়ু পুক্নীদমক্ ! অনৌব রাখল, অনৌব থৌনা পুথোক্তুন ইজাতিবু নীংথিরব সক্লোন অম ওইনব থরাঙ্গ হকচাং কথোক্তুন সেমজগে।

ললোনব — অদুদি ফরে, ঐহাক নখোঙ্গদ য়ারি'মখৈ পৈসা ভান পীনব হোৎনগে ; — নখোঙ্গগী সেল কয়াদি য়াওরি ?

পাখং— সেলহা অমত্তংদি !

ললোনব – থাদ ভলব লুপা চামদগী চনী ফাওব কংগদব থবক্তী মমল লুপা লীসীং অহুম, অতৈ মথক্তীদি লীসীং মঙা, তরা, কুন, কুন্থ্রা, য়াংখৈ কালিত্তিগী স্তেন্দাদ মত্তুংইন্না য়াম য়ামগ্রে। অদুবু মসিগী চৎনবীসি হুজিক্তি থোইন ঙাক্কে — খ্বাইদৈ য়াম্ন পীব ঙম্বদ হেক্ত সোঙ্গইদ্রে।

পাখং – য়াম নুংঙাইঙ্গরে। অদুবু ঐখোঙ্গইদি পৈসা অমত্ত পাঙ্গইজদে সাহেবন উপাই অম তৌবিদুন ঐখোঙ্গইবু থবক অমওংদি সোৎপ পীবীদব য়াদ্রে।

সুপী— ঐখোঙ্গইবু অমুক্তং থোজানবীয়ু সাহেব।

ললে নব— ( সাওন ) করি সোৎপ — ! হা –?

মুপী – থা-থাগী ইনস্তলমেন্ত থীজগে স্থকসোঙ্গ সোঙ্গদন।

পাখং— সেন্দোঙ্গইস্নু চাওন অদুম ককপিয়ু।

ললোনব – অঙাওবগী বাদু ঐ ভানীংদে। খুদক খুদক্ত তরং তরং খীরগে হাঙ্গইরফাওবদ পীব ঙমদ্রি, অদুগ সোৎপ! মী তাখিনি হাঙ্গইরু লাকউনু ইকাইকো, চৎলো চৎলো সোৎপ অম দাই লৈ:তে খঙলেদন [পোৎ পুব মান্ন চংখি]

পাখং – [স্থকথন] সোৎপসি যারোইদৌরি।

মুপী— করম ভৌনি অদুদি?

পাখং— ( খল্লব তুংদ ) ফরে, নহাক মুপীনিদন অনৌব থোনা অম পুখোক্তুন নপ্পব হোংনৌ।

মুপী— নহাক্তি?

পাখং — মতুন চোঙানবনি। হিংনব লম্বীদ মরুপ পুম্নমক থাদোক্লতুন চৎনখিব তাই — পুন্সিনিদন।

মুপী — মতম অমদদি নহাক্ল মতুবু তূক্কচন খনখি!

পাখং — হুজিকপু করিনো উপাই! হিংদব য়াদবনিন পুম্নমক ভৌব তাই।

মুপী — কৈ হো নগে।

পাখং — সাহেব! হে সাহেব! [কৌই]

ললোনব — করিনো? [থোরক্লুন] নখোঙ্গী হুজিকফাওব চত্রি? কান্নখোইনে নখোঙ্গীন হাঙ্গীরিবদো সোৎনব থবক লৈ়েয়ে।

পাখং — সাহেব! মনিমভদি থৌজানবীযু কৈদোগে।

ললোনব — নখোঙ্গীন সেল য়াওদবনিন ঐস্ন থৌজানবিব ঙমদে।

মুপী — সাহেবন থবক্ কয়াঅ পাঙ্গসানবীতুন ললোনবিরিবসিবু মী হিংহন্নব্রা নল্গ সিহন্নব্রা?

ললোনব — মতু ময়ী কৈনদব হাংনি। মী হিংব-সিবদি ঐখোঙ্গী চায়ি নত্তে ঈশ্বরগীনি, ঐখোঙ্গীগীদি সেল্লেপ্ থাদরুদন সেন্দোং চাওন ফ'ব মতুতনি, অতৈ ঐখোই খঙদে। ঐখোঙ্গী যুগসিগী অঙন্নিনে অঙম্ব।

পাখং — মতু ফরে সাহেব, মুপীমচা অসিদি লৈসাবীনি মহাকপুদি হিংনব থবক অমত্তং পীবীযু — মতুংদ অদোমগী কান্নব ফংবস্থ য়াই, মখোঙ্গীদি ঐখোঙ্গীগী সমাজসিদ ফরে মুপী-সিদন।

ললোনব — লৈসাবী ঙইরিব ! [খল্লী] মথেল অম ! [পাখংচুন]
নহাক্ক হাকথেংনন নক্লব মরি-মতাদি নত্তেদন ।

মুপী — মংাক্তি সকপু খঙ্জিল্লক্লবনি, লাপথোরক্লব !

পাখং — চুম্ম থবক ফংদবৈ লম্বীদ লাকমিন্নবভনি । হোঙ্গ, লাক-
মিন্নরবনিন বাদ্মী ঞাভাই খর সামিন্নরকখি - অদুমঙাই ।
বাবুনিগী থবকু ফংগ্রবদি থবক ফংদব ঐহাক্ক সকখঙ্ন-
খিদব মসান তাজবনি, হুজ্জিক্ কুনস্থব সদান্দিগী
অরোইব মভম্মি সাহেব ।

মুপী — অচুম্বনি, অদোম্ম চানবিরকপ উবদ মহাক্সিবুদি পুমকাও
কাওসিল্লক্লবনি ।

ললোনব — ঐগীদি মুপী য়াম্মি ।

মুপী — লীসাং-লখা ওইজ্জসমু মদুগী মম্মুংদ চনব ফংজরবদি
পোক্‌ৎপ মহৈয় য়ানজরবনি ।

ললোনব — অদুদি, অহানব ওইন ঐগী মুপী ! মথংদি নহাক্কী
খোনা অমদি ঐগী খোইনসিনগী ফিরেপ্ত লেপ্প ভাই —
থবক্কীদমক্ ।

মুপী — ঐগী করম্ব খোনা ?

ললোনব -- চুম্মী, মদুদ বাহং অম লৈরি । ভাইখো নহাক্কী কয়া-
মুক ফজবী নসক অম সেন্নকখিব য়ারি হাঙ্গন খল্লী ?

মুপী — চাদ-থক্তব, থবক ফংদবৈ মরুমদ স্বর্গগী মেনকামুক ফজ-
ম্রবসু মচামুপী সকুন্তলাদগী ভাদবী সক্ অমদি ঐগীসু
লোত্তুন লৈরমখিব য়ারি হাঙ্গন খল্লী ?

ললোনব — ফরে অচুদি, থবক্তীদমক চৎসি লাকও নপুন্সিগী অহানব নপুরোইব ঐগ মতম মতমগী [মখুৎ সম্বী, সুপীচু হরাওই, চৎলি]

পাখং — [য়েংহৌরগ] চাওরব থবক ফংদবৈ ঈপাকসিদগী কোঙ্গোল অমদি মফম খঙ্‌দন ভাকথ্রগনি। অচুবু, কন্নম্ব হিংবগী মমল অম মহাক্কু লেপকদৌরি? মচুদি খঙ্‌দ্রে।

সুপী — [খর চৎলগ] ওঃ! বিদাই অমত্তু [চংসিন্দুন পাখ চুদ] করিগুম্ব মতমদ লাইরিক ফব বিএসি নহাক্কু অফিসার সাহেব ওইরকপ ভাবব দলান মথোনগী লৈতেং ওইনব অনৌব কারছু থাবীরক্কুন লৌবিরোকো ঐহাকপু! মতমচুফাওবগীদি বিদাই!

পাখং — মঙ্ অচু ঐ তম্ব ঙমদ্রি, খঙ্‌দে খবক্ অসিন মফংদ্রবদি পুন্সি অসি ব্রহ্মচারি ওইন লেনখিবস্থ য়ারি। ফরে বিদাই! (চৎখি)

সুপী — [ললোনবগী মখুৎ পাঈচুন] লেঙঙসে! ঐবু থবক হাপ্পী-চুন সুংসিবা।

ললোনব — চৎলসি! সুপী চাত্রেং কুনগী মতুংদ মাথোই সুবী লৈসাবী।

অনিমক্ চৎপ হৌরকপদ মীয়াম্ম লাওসিল্লক্ই,
অনিমক করিমত্ত লেঙ্‌দন চপ লেপ্পুন লৈ।

মীয়াম — মসিদি থবক নত্তে, থবক নত্তে।

১ — পুন্সিবু লৈখা তাহনবনি, মুপীগী সমাজবু মসক্ থীহন-বনি। অসিগুম্ব লীচৎ অসিদি সিখিবন হেম্ন কৈ, সিখিবন হেম্ন কৈ।

২ — চৎনবীনি, পুন্সিনি, থবক্কি — সমাজ অসিগী নীতিনি।

১ — নত্তে নত্তে নত্তে। ফত্রব মী। নোংমদি নখোঈগী নথক্ত লমন খুমগনি — লমন খুমগনি।

১ — কনান? কনান লমন খুমগদৌরিবা?

১ — নহান। অচুম্ব পাম্বন। থৌনা লৈবনা। — নহান।

২ — হুজিক্কী নহাবু অচুম্ব খঙব, থৌনা লৈব (করেম্নন নোকতুন) ওইথোক্তে ওইথোক্তে। হুজিক্কী নহাদি ভুংনি, গধানি, মোন্দ্রং চুবনি, কাম্নদ্রব চমফুংমক্তনে—চমফুং।

খোনজেল্ নেমথখি। ললোনব ১সুং লৈসাবী অনীমক্ থত্তই-উসিত্তন নোক্তুন খুৎসম্নন চংসিনখি।



৩

অহাওবা লম্মাংগী পংথৈ অম
নাকেম্বা অমসুং য়েন্নীংথা অনীগী লাংদাই !!

থবক কংগ্রব পাথং অদু মসা সোম্বরে, সোর চনীং তান হোনবফাওবা ঙমদ্রে। অদুমকপু মচিন্দ লেপ্তুন সোল্লদুন থোরকই :

পাথং — থবক! থবক! থবক! [ফম্বাকী ময়াঙ্গ য়োরকপদ] লৈতে। থবক লৈতে। [সাওরকই] ঐগী থবক লৈতে [সোর ফুঙ্গন হোল্লি] চুম্মী। লৈরোই, ঐগী সেল লৈতে অদুন ঐগী থবকসু লৈতে। [খৈস্ত্রি] অদুবু পুন্সি মচেৎ অমদি লৈরি, মসিদং সীজিন্নব লোইবফাওবদি হিংখিব তাই - থিখিব তাই।

(মসা হেন্ন সোম্বরকই) ওঃ! কচ ং অসিদি কেমসিল্লক্লে। ঐগী খুৎ-খোঙ, ঐগী মিৎ-নাকোং নখোঙ্গন সু নোম্ব পামজব, ঐগী কোক নহাক্ল অনৌব কয়া পুখোক নিংলম্ব ঐন নখোঙ্গবু মাঙহল্লে, ঐন নখোঙ্গবু কেমহল্লে।

[সোর সাং-সাংন হোল্লদুন ফমথখি। মুপী অদু অহানবগী মহাজন্দুগ য়াম্ন কেথন খুৎসম্নরদুন থোরকই]

মুপী — ঐবু নহাক্কী মুপী অসি মতম কয়াম সাংন ওইয়ু হাঙ্গিবগে
মতম মতমগী লম্বীদ হুজিক মতমগী মুংসিবা ?

মহাজন — নংগী নসক্ ফজখৎলক্লি পৈসাস্থ খোক্লিদন, অরাৎপদু
ঐগী অহেনবসিদগী হাপ্প ঙম্লিমখৈদি নহাকপু লৌদুন
ঐগী মুপী সাহমখিব তাগ্নি। খঙ্দে ঐগী হিসাবন লৈরি-
মখৈ নহাক ঐগী মুপী ওইগদবনি। য়েংঙ্ পুথ্য চেনবী
ঙসিদি তুরিষ্ট হোমদ নং-ঐগী অনৌব হোনিমুন —
খঙ্লেদন।

মুপী – পূক অসি চামন্দুন তুম্ব ঙমদ্রে মমল য়াম্ব হিদাক খরদং
পীবিয়ু ময়েং অমুক্তং তাহনজগে।

মহাজন — অহেনব খরচকী হিসাবতি অমুক পাখিব তাই। নঙোন্দ
লৈরিব অপাম্বৈ চাংসি ওল্লগ হিসাব লেপকদবনি।

মুপী — য়েংঙো য়েংঙো, করিগুম্ব হিসাব য়াম্লমদ্রবদি ঐহাক
অনৌব নীপা অম য়েংলগনি। ঐগী ইকমদ হৌখিব
ইপুরোইব চা কয়া হিসাব করিমত্ত তৌখিদবনি ; নহাক্কি
য়াম্ল লীকই।

মহাজন — লীকপ নত্তে চেকসিল্লিবনি — পুন্সি অসিদি হিসাবকী
মখা পোল্লি। ফরে নহাক ঙৈহাক্তং লৈরমখো ঐ হিসাব
বোঙ্গ অমুক্তং য়েংলুখিগে।

মুপী – কৈ। (মহাজন চৎখি। পাখংডু উরকই) কদাইদগী
অঙাওবনো। (মুম্ন য়েংলগ) মসক অসিদি মহৌসা ঙাও-
মিম্নরম্ব মুংসিমানব অমগী মসক্লি। অদুবু। অহল

ওইমনগ্রে, ময়াঙ্ কংমনগ্রে। ( চংসীন্দুন ) নহাকপু কনানো ? থর থর খঙ্বগুমম্ব তৌই। অদুমকপু তসেং-তসেংন সরু-সয়াঙ্, চমোংনরবসিংবু সকখঙ্নব ঐগী রাখলগী অনোক্তুদি য়াওদ্রে।

পাথং — য়াঙ্ কংলবস্ত, অহল ওইন সরু-সয়াঙ্ চাক্ত ওইন উরু-বস্র ঐগীদি মিৎ পাল্লি, মীওইবগী রাখল লৈরি অদুন অদোম্বু নিংথীন সক্ খঙ্জে।

মুপী — ওঃ! খঙ্বিরিবোইরে। থাগৎচরি নীপা অম ওইন মুপীবু সকখঙ্বিবগীদমক।

পাথং — নীংসীংব হাঙ্গবসি লৈরমদ্রবদি ইতিহাসকী কান্নব লৈরম-লোই। অদুমকপু অদোমগী রাখল অদু ফঙ্গরি।

মুপী — সেল য়াম্ন ফংখিব, হরাও-তয়াম লেনমীম্নখিব ঐগী মতম মতমগী ইপুরোইবসিংদো নীংসিঙঙি। মদু নহাক্তি ওই-রমদব য়াই অদুননি সাওব য়াদে।

পাথং — সাওদে, সাওনব থম্মোঙ্গগী পাঙ্গল ঐঙোন্দ লৈত্রবনি। অদুমকপু মতম অমদ থবক ফংত্রিঙৈ, হিংবগী ফিভম্ন লুরিঙৈ ঐগী ফিজি য়ান্নম্মিদন নহাকসু ?

মুপী — [থওইদম নোক্তুন] ওঃ ওঃ অদু ওইরে — মঙ্লাক্লগে তৌব মঙ্দো। হৌগ্রব রানে ঐ মঙ্ফাওনরে। হজিকপু থবক ফংলত্রাও ?

পাথং — ফংদ্রি।

সুপী — হুজিকফাওব কংদ্রিব ! হিংবগী অর্থ থোক্লব পুন্সি ওই-রেদন !

পাখং — হোঙ্গৈ, সক ফজবী মহৈয় খানব ভগী লৈসাবীদু নত্তে ঐ, থবকপু নিংলাম ওকপ ভব মহাক্তন অদুম্ব ওইদে, মখ্রি-ফম্নাইবসিংগী মচা-মসু, মসেল-মবাই, মকু-মমাক্কী মলুংস্থ চনদে। ঐদি চুম্ন মতিক চারে থনজব ইহৈগী সার্তিফি-কেৎ অমসুং ইসাগী হৈনিংব য়াথলতগ লোঙ্গৈনন থবক থিবনি — লৈবাক মচা তাদন।

সুপী — ময়ামগ মাম্নদ্রবনিন অভাওব তারেদন ?

পাখং — মতুমক নখোঙ্গৈনদি হাঙ্গৈ, অদুবু ঐগী থম্মোঙ্গৈনদি মদু খক্-য়াও হাঙ্গৈব ভমদে। (মথমত চোকথন) ইসঃ তাইবংপান চোকথগ্রেদ।

সুপী — হোঙ্গৈ য়াম্ন চোকথন উরে, লাম্নম্নগনি।

পাখং — নহাক কাওরমাঙ্লে, হোঙ্গৈ নচিম্নসু কাওই হাঙ্গৈগ্রবনি। য়েংঙু ঐদি চানব লৈত্রিমখৈ লামদে, থবক ফংদ্রিমখৈ বাদে মপাম্থোংগী হকচাং অসি চোকথন উবতনি।

সুপী — উবত নত্তে তসেংন মাল্লবনি।

পাখং — নত্তে, থাজো ! ঐগীদি সোম্থো হাঙ্গৈব য়ামম্রতুন হম্ন-কম্ন থেম্লিবনি। মহাকুং সোম্নগ্রবদি পোত্থাব ফংলগনি ঐ।

সুপী — মদুদি সিরগনি।

পাখং — মদুনি পাম্লিবসি। সোয় অসিনদি লেপ্তুন হোন্দুন থবক তৌই, অদুগ ঐদি থবক অমত্ত ফংদে — ইথৌ অমত্ত

মুদে। মহাক খাজহ্না ইসঃ ঐগিনে ইকাইগ্রে তাৎ তৌরুন হিংজিন্নবিবসিং ফাগিগী খজুবদ।

মুপী — নহাকপু ইকাইব খঙ্ত্রনে?

পাখং — ঐস্নু মীনি, অদুগ নহাকস্নু মীনি। নংদি কমদোই?

মুপী — হিংবগীদমক্তি ঐহাক্ ইকাইদে। অদুবু চুম্মি ঐস্নু মীনি।

পাখং — অদুদি কনাদ, কয়মন, কদাইদ ইকাই?

মুপী — ঐন ইকাইজবদি সেল য়াম্ন কংগদব ঐগী অতিথিবু পেল-হনব ওমদবগী মাঙ্গৈ পাক্লব জধোন মরম অদুন মহাক অদুন সাওুন চৎখিবু মতুমদ।

পাখং — মাঙ্গৈ পাক্লগন কৈন্ন ইকাইনিঙাইনি মদুদি।

[মহাজন পরপ্-পরপ্ খোইয়াংনা চংলকুন]

মহাজন — মুক মন্ত্রবী! নহাক ঐগী হিসাবতগী হেন্দোক্লিন কবিনো?

মুপী — ওঃ লাক্লেদন [চংসিন্দুন] মুংসিব য়াবগী হিসাবপু করম তৌবিব্রগে?

মহাজন — হোঙ্গৈ, পুং অহমদংগী হিসাব কৈল্লেবি।

মুপী — অদুব্রি নহাক্ হুজিককাওবদি কুংসিব যাব ইপুরোইব ওইরিদন?

মহাজন — মহাকু অসিন কনানো?

মুপী — খবক খিব্রদু ঙাওরব নহাগী অহল অমনি — পুজিগী অর্থ য়াওগ ব!

মহাজন— সিগদৌরব অসিবো নহা! (খৌপাদন) ক্বয়ে চৎলসি নংগী পূং তাখিবন হাল্লনি!

মুপী— ভাইখো ন্নাম্নি থৈংহাক সারুরে, বিদাই পীরমখিগে।

মহাজন— কৈ।

মুপী— (চংসীন্দুন) ম্নারৌগন্নু থবক কংদ্রব কুম পুরব পাখং সরী!, নংন থবক কংতুন অফিসার সাহেব শইরবদি ঐম্নু নংগী মুপী ওইগে খল্লমবনি মতম অমদ, অদুবু মত্থু খোত্পবনিন হন্দক মপোক্কী বিদাই! হয়েংমুক মপোক্ক থবক কংদ-কংত্রগ মুংদুম মচা অনী ওইন পোকমিন্নরগ তাওথমিন্নসি তুরেনগী ঈচেন্দ।

পাখং— নখোনত্রেন্দু ভাবসিদি অরাম-খৌরাংব কাওরকই, ভাইবং পানসিবু মী লৈরিত্রা?

মুপী— লাম্লগনি অদুন মসেল মরাং উরবনি, তাইবংপান মী-ওইব মুভাইন পাল্লি — পূক খল্লিয়ে।

পাখং— নখোঈ পূক খল্লিব!

মুপী— খল্লি, চাব ঙমত্রি। অদুবু পীজনীংত্রে নবুক তৎলব, হিং-ত্রব নখোঈদ।

পাখং— অদুডৈ সহরগী গলিদ তল মচেৎ অমত্তং কংখি, অদুবু য়েন্নতুন চামিন্নখি নং ঐ।

মুপী— চুম্মী, লাঈররিডৈ মতম মচেৎ অমত্তং কংবদো লাম্লব মসেল চামিন্ননিংঙি য়েন্নতুন, অদুবু ঙসিদি পাখোক্লব পূক-সিদগী, মুভাইরব লনগৈসিদগী থাইনিংত্রে চগুম মরীক

অমত্তংকাওব চদৎনরব নখোঙ্গদ — অপুম-ঙসা মরক্ত
হৈদোক্লিংলে পুথম পুথম অরেম্বদ। যরে সাওব য়াদে।

পাখং — ঐ সাওদে। ও! মহৌসা খুত্তগী কত্থিখিব পৈসা মঙাদু
নহাকু থুনখিদেকো?

সুপী — নংসু থুন্দে, ঐসু থুন্দে।

পাখং — মদুদং ফংনব থিখিব ভারি!

মহাজন — চান্নবী ঘরিগী কঙাসি লেপ্প নাইদে।

সুপী — ফরে, থবক ফংত্রবনিন হন্দক মপোক্লী বিদাই।

পাখং — বিদাই! [মখুৎ তপ্প হাইহৌই]

সুপী — [মহাজন্দ] সেনজাও পাঙ্গদুন সুংসিবাও! লেঙঙসি, ঐসে
পুং অহুমগীদি নংগীনে।

মহাজন — চৎলসি, হকচাংগী সুংসিরবী, হৈহাক মতমগী সুপী
অখোনবী, ভায়োনকমদগী খোঙ্গদান লৈজরকপী পেঙবা।

[অনিমক্ সুংসিনব সাসীম্নদুন খুৎসম্নন
চৎখি। মুন্ন য়েংহৌরগ পাখং]

পাখং — থবক্লী মী ওইন পোক্লগ থবক ফংদন, মী নত্তবগুম মাঙব
ভারব! পোকপগী করি কান্নরি, পুন্সিগী অর্থন কন্নিনো!
[সুংঙাইতন] ওঃ কপ্প! মাঙ্লব হে জাতিগী নহা পুন্ন-
মক কপ্প, কেপ্পু নখোঙ্গদি খুন্না উকুল ওইন কেপ্পু। মুন্ন
খঙ্করগ] অত্তবু মসি অভিসাপ্ অমদি ওইকম খোক্তে!
ঐখোঙ্গবু অঙাওব সেমদুন লমজাওদ থাংম্ব কনাগীসু
মতীক ওইকম খোক্তে। নত্তে [লাওরকই] খোরকউ লাও

ওংপীরব নহা পুরুমক ! ঐখোঈ প্রনসি, ঐখোঈগী সনাহি সেম্নসী - কনা কনানো থবক ফংগদব ; কনা কনানো চাথ ফংদব ! কনা কনানো সেংপ ফংদব ! ওংপীরব কনা কনা লৈরিবগে ?

মীয়াম — ঐখোঈ লীসীং লীসীং লৈরি !

পাখং — কনা কনা লৈরিবগে ?

মীয়াম — ঐখোঈ লখা লখা লৈরি ।

পাখং — কনা কনা লৈরিবগে ?

মীয়াম — ঐখোঈ কোতি কোতি লৈরি ।

পাখং — ঐখোঈবু সীগঙ নহল্লিব, ঐখোঈবু পুক প্যাঙ্গিহনবা থাওহল্লিব, ঐখোঈ কোতি-কোতিগী য়াংলেন সরুদ মথোঙ্গ খোঙপ্যাক লেজনা ঈ-চুম্লিব, মতাঙ্গীবু মতীক চাব দন্দি পীব তাই, মখোঈগী মথক্ত মতীকচাব লমন থুম্ব তাই ।

মাঙ্গৈকে মাঙ্গৈকেদগী খোম্থাং য়েন লাওনরকই

— ঐখোঈ লখা লখা লৈরি ।

— ঐখোঈ কোতি কোতি লৈরি ।

॥ থুখম পুরমক থনখি ॥

মথং মথং :

১। হিংবগী মমল

২। অসেংব সক্তম

৩। অনৌব লান্ ॥